# মঙদসু তাইবঙদসু

লেনিন খুমনচা



কংলৈপাক লোয়নসিল্লোন অপুনবা মরূপ
রিমস রোদ, ইম্ফাল।

**MANGDASU TAIBANGDASU**

(a collection of Manipuri verses)

by ***Lenin Khumancha***

Published in the Year 2007



অহানবা থোকপা : ২০০৭

অথোকপা . ও সি মৈরা অমসুং বতি লাইশ্রমনা কলম ইম্ফালগীদমক।

মথুম ও সি মৈরা

কোপি : ৫০০

মমল : ৬৫ /-

ময়েক চনখৎপা : সাইখোম ওজিৎ অমসুং মোইরাংথেম দিজেন

নম্ফম . সোফিয়া প্রিন্টিং প্রেস লমলোং কৈথেল থাঙবোক।

তাইবঙপান থাদোকখ্রবা ঐগী নুংশিরবা
পুপু থোকচোম অভিরামগী
খুয়াথাদা

# থৌবুরেলগী ৱারোল

লমদমসিগী লোয়নসিল্লোন চাওখৎহন্দুনা অৱাংবা থাক্তা পুখৎপা হাযবসি কংলৈপাক লোযনসিল্লোন অপূনবা মৱূপকী পান্দমশিংগী মনূংদা অমনি। পান্দমসিনা লিচিং ওইরগা মৱূপ অসিনা লিংখৎলকপদগী ঙসি ফাওবদা তোঙান-তোঙানবা মখল কযাগী লাইরিক কুনমঙা যোঙদোকখ্রে। মৱর্কসিদা মৱূপসিগী লূপলোই অমা ওইবিবা লেনিন খুমনচাগী 'মঙদসু তাইবঙদসু' হাযনা মিংথোনবা শৈরেংগী লাইবিক অমা ফোঙলকপা 'অসি যাম্না নু"ঙাইজে। অইবসিগী শৈরেং ৱাবীমচা অমসুং ৱারেংনচিংবা কযা পাউ-চে চেফোঙ অমসুং থোমজিনবা লাইবিকনচিংবদসু ফোঙদোকখ্রে লোযনা মৱূপ অসিগী থা ২/২ খূদীংগী ফোঙবা চেফোঙ ফাউন-চে" ফোঙবদসু অচৌবা থৌদাং যাদুনা লাকলিবা হৌজিকসু যারিবা লূপলোই অমসনি।

শৈরেং লাইবিকসিগী মতাঙদা নুংঙাইবিবদি মৱূপসিগীনা কুনতককসুবা অদুগা অইবসিগীনা অহানবা লাইরিকসিদা অইবনা মহাক্কী পুন্সি খোঙচৎতা থেংনরকখিবা থেংনরিবা থৌদোক ৱাথোকশিং কযাবু নিংথীজনা লোকশিল্পগা শৈরেংগী নাচোম ওইনা ওন্থোকলগুনা পুথোরকপসিনি।

ঙসিদি অইবসিগী অহানবা খূৎথা অহানবা লাইরিক অসি মীযামগী মফমদা খূৎশিন্নজরি।

নাওরেম কোকিল
থৌবুরেল, কলম ইম্ফাল

# ঝাঁহে খরদং

লেনিন খুমনচাগী শৈরেংশিং পারে। ফোঙদোক্লিভৈদা পাবা ফঙহনবসিদা নুংঙাইবা ফাওজে। হৌজিক হৌজিক মহে- মশিং তম্লিবা অইবসি ঐগী মহৈরোই ওইনা হৌখিবনি। শৈরেংগী লাইরিক অমা পুথোক্কদৌরিবসিদা ঝাহৌদোক ওইনা ঝাঁহে খরদং ইবিদবা যাদে হাযদুনা লাইরিকসি থম্লম্বনি। ঝা কয়া ঙাঙদনা মমীৎন্দং, শোযদনা ইবিগদবনি হায়বগুম্না পীশিল্লকই, যাদবা ঙমদে। মহাক শৈরেং ই হাযবদি হান্নদগী খঙই , ঐনা চৈ, লাইরিক হান্না হোৎনখো লোযনসিল্লোনগী থৌরম কোন্না যাও হাযদুনা। খুমলমদনা হেক্তা চৎখি, লোযনসিল্লোনগী থৌরম হেক্তা যাওরম্মী, শৈরেং হেক্তা পারম্মী। উইন কনবসিদগীনি শৈরেংগী লাইরিক অমা নৌনা পুথোরক্লিবসি।

পুন্না শৈবেং যাঙ্খোমাথোই য়াওরি। শৈবেংশিং অসি পারকপদা উবা ফঙলিবা মীৎযেং অমদি নহা ওই়রবা অইবসিনা অশিবম্বু কাউথোকপা শুকঙম ঙমদবা অসিনি। ঝাখল অসি করিগুম্বদা বিয্যালিষ্টিক ওইনা উদুনা ফোঙদোকপসু থেংনৈ অদুগা অমুক করিগুম্বদনা ফেন্টাসি ওইনা মঙ-হাগুম কৃদা হিপুম্না, হকচাংদা মৈশা ফাওরকপা, থঝাযনা চঙফম লৈতনা ককঙাওনবা হেক-হেক থেংনৈ। খ্বাইবকপম চাউবনা কংলে লোযনসিল্লোনদা অশিবগা মীওইবগা মতম চুপ্পা লোযনদুনা লৈবি হাযবা তাক্লমই। ঝাখল অসিমক নহা ওইবিবা অইবসিদা মমি তাবমগনি খল্লি।মহাক্কী অশিববু পামজনা কোনশিল্লিবা ঝাখল অসি হীরম অনীদগী ওইরকই। ইনখৎলক্লিবা অইবনা তাইবঙপানবু যেংবা হৌরকপা মতমদা শাবি-শানৌগী নুংশিববু শকখঙবা হৌরকপা থেংনৈ অদুবু নীংবা কাযবগী খোঙফমদা লেপহৌই। নুংশিজবিবা মীশক্তু তাইবঙপানগী ঝাংমদা চৎখি। মহাক্কী শৈরেংশিং অসিদা নীংবা কাযবগী খোঙফম উৎপা শৈরেং যাওরি। অতোপ্পা নাকল অমদনা হৌজিক্কী খুন্নাই অসিগী তংদু- লৈতাদবা মওং মতৌ অসিদা থঝাযশিংনা মঙলাক্লবগুম হঞ্জিন হঞ্জিন শিবা থেংনবকই। যেক্লবদা কাপখিবা নোংমৈ মরল্না মশাদা হঞ্জিল্লগা পাল্লক্লুনা শিরিবদু মানি হাযবগী মঙলাক্লবা মতৌ হেক-হেক উৎথোরকই। অতোপ্পা অমনা খুন্নাইগী খূৎশেম অসিনা ওইহনবা চংহাৎ হাৎলিবা অশিবসিনি।

মহাক্না শৈরেং অসিদা অশিববু শৈথানবা হোৎনবদা খুন্নাইগী ফিভমদা যেংশিন্দুনা পুথোরকপগী মহৎতা মীওইবগী পুন্সিরোমদা হেন্না কৃপ্রা য়েংশিন্নবা হোৎনরকই। পুন্সিগী মচৎশিংদা খুন্নাইগী ফিভমনা তাংজদুনা চৎপগুম উরকই। অদুনা ফোঙদোরকইঃ "অশি লমদম হায়বদু কযাম ঝাৎলি চৎকদবা/মালেম,লাইরৈবাক,খমনুংলৈবাক/করিদা খেন্নরিবা কদায়দা?" অইবনা উরিবা খুন্নাইগী থৌদোকশিং, পুন্সিগী তমঙমদ্রবা মওং অসিদগী নাথেদুনা চৎনিংলকই।

অইবনা মাগী শৈরেংশিং অসি পার্সনেল ওইবা মীৎযেংলোমদা য়েংদুনা পুথোক্লবা হোৎনৈ। নীংতম্নগী মরুমদা লৈরিবা পামদ্রবা খোঙচৎশিং, থেংনরিবা থৌদোকশিং য়ানীংদবা অমসুং পামদবা উৎলকই। অচম্বা ৱাহৈ- ৱাতানা থেংরুবা উরুবা থৌদোক খরদি যাম্না শেংনা ফোঙদোক্লবা হোৎনৈ। ইকোক-কোকপা ৱাহৈ-ৱাতানা পুন্সিগী মঙলাক্লরিবা মতৌবু র্মোদন পোইট অমগুম্না চঙশিন্নবা হোৎন্নবসু শৈরেং খরদি রোমান্টিক পেরিওদতা চনশিনবা যারি। অহানবা খুৎথানি, নহা ওইরিবা অইবনি। খরা মূন্না য়েংশিনহন্নীংবা ৱাখল পরীং চুমহন্নীংবা, ৱাহৈ-ৱাতাগী চেকশিনবা মওং লৈহন্নীংবা শৈরেংসু য়াওরি। অদুবু নহা ওইরিবা অইবনিনা তুংদা হেন্না ফজববা শৈরেং পুথোরকপা ঙম্বা তাইবঙ মপুনা পীনবিসনু।

-ডাঃ কোইজম শান্তিবালা

# তমজনিংবা খরদং

ঐগী অহানবা ওইনা পুথোকচরিবা শৈরেং লাইরিকসিদা য়াওরিবা শৈরেং খরদি মমাঙদা পাউ-চে, চেফোঙ কয়াদা ইশাগী মিংদা অমসুং শকলোৎপা মিং শীজিন্নরগা অমদি রেদিওদা ফোঙখ্রে অমসুং পাথোকখ্রে অদুবু লাইরিক ওইনা পুথোক্নমদাইদদি শেমদোক শেমজিন খরসু তৌখ্রে। মসিদি পেন্নাইদবা মীওইপোক্কী লিচৎননি হায়বা তারে।

লাইরিক অসিনা খূৎনমদা লৈরিঙে নুংশিজরবা ওজা সনাহোংবা, ওজা দাঃ শরতচন্দ্র লোংজোম্বা, ওজা রাজেন খুমুকচম, তাম্মো থোকচোম কিরন, রাকেসনা অচিনবা মতম কয়ামা কায়থোকপিদুনা শৈরেংশিংবু পাবীদুনা অশোয় অরান অমদি অফবা পাউতাক কয়ামা পীবীদুনা ঐগী মীৎ মায় শিংহনবীবগীদমক হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি লোয়ন্না লাইরিকসিগী বাহৌদোক ওইনা বাহে খরদং ইবীয়ু হাযরম্বদা হরাও-হরাওনা যাবীরকখীবী নুংশিরবী ঐগী ওজা শান্তিবালাবুসু থাগৎচরি। লাইরিকসিদা যাওরিবা শৈরেং খরগী মমিং থোনবীখিবা মরূপ নবচন্দ্র অমসুং ইনাও রঘুমনিবুসু থাগৎচরি। অদুগা ঐগী ইবগী লমসিদা পুক্রিং থৌগৎপীরকখিবা অমসুং হৌজিকসু থৌগৎপীরীবা ইযাম্বা প্রিযোর্বতা, রিসি, সোমোরজিৎ অমদি শৈরেং লাইরিক অসি ফোঙনবগী অচৌবা থৌনা হাপ্পীখিবা ইয়াম্বা থৌদাম নেত্রজিৎ সিংহ, ওকেন্দ্রো খুন্দোংবম অমদি লাইরিকসিবু ফোঙদোকপীরিবা ইযাম্বা ও সি মৈরা অমসুং ঐগী নুংশিরবী ইচল বতিবুসু ঙমখে লৈতনা থাগৎচরি লোয়ন্না লাইরিকসি ফোঙনবা হোৎনবদা তেংবাংবীখিবা অতৈ মীওইশিংবুসু খক কাউথোকপা ঙমজদে।

লাইরিকসি নম্বগী মতাংদা মশাগী অচীনবা কয়ামা কাইথোকপীদুনা মতেং পাংবিখিবা ওজা সনজোয়, ময়েক চনখৎপিখিবা ঐগী নুংশিরবা মরূপ সাইখোম ওজিৎ অমসুং ইনাও মোইরাংথেম দিজেন (নাওবুং) অমদি প্রেসকী অতৈ মীওইশিংবুসু থাগৎচরি। ঙসিগী লাইরিক অসি মীয়ামদা পুকচেল শেংনা খূৎশিন্নজরি। তাকপীরকপা পাউতাক খূদীং তরাম্না লৌজগনি।

-অইবা

## য়াওরিবশিং


শান্নবা / ১৫

চাংয়েংনবদা / ১৬

মঙ লৈবাক্তা /১৭

খোঙউপ/ ১৮

ঈচাও /১৯

থাবল খোক্রবা অহীং অমদা /২০

চৎনবী /২১

চমম্নবা /২২

যেন্নীংথাগী লৈশিং অমসুং মীওইবা /২৩

অনৌবা চহী /২৪

যূমদা চৎলমদাই /২৫

লান / ২৬

ঐগী কাগী মীহুৎখোঙ /২৭

মালেমসিদা / ২৮

মঙগী শৈরেং / ২৯

ঙসিদি /৩০

প্যাউখোঙ / ৩১

শৈরেং অমগীদমক / ৩২

লাইনিংবা অমগী চাংয়েংদা / ৩৩

ঐগী যূম / ৩৫

কপ্পা অমদি নোকপা / ৩৬

অদুবুনে চেক্লাও /৩৭

পুন্সি / ৩৮

হিতলর / ৩৯

নীংতম্বা / ৪০

খল্লুবদা / ৪১

তায়োম্নবা / ৪২

নীংতম্নগী মৈথু / ৪৩
ফুম্নংনরবা খোঙথাঙ / ৪৪
চৈনা অমা / ৪৫
নুংশিরবা ঐগী মরূপ / ৪৬
লৈকংলাগী ঈচাও মরক্তা /৪৮
ম্যান্মার / ৪৯
তাইবঙ অমা / ৫০
ঈগী পিরাংনা / ৫১
লোৎফম অমতংদি / ৫২
ঐগী লম্বী কদোমদনো / ৫৩
ফিরাল / ৫৫
তাল য়াওদ্রবা জগোয / ৫৬
লৈরোন চন্দ্রিবা হকচাং / ৫৭
ঈরাকমীন্নবা /৫৯
লাই খূৎশাংবী / ৬০
মঙলান্দুদগী / ৬১
ঈঙাগী নোংজু / ৬২
চপশিল্লকপা / ৬৩
মীনোক অমগীদমক / ৬৪
মতূংসিদা / ৬৫
থেঙজিল্লক্লে / ৬৭
লৈঙাক / ৬৮
শক্তম অমা / ৬৯
লমদম অমগী বারী /৭০

# শাম্নবা

কোযচেল চেল্লি ফি থোংদ্রবা
নুপীশিংনা

কোযতান তাল্লি ফিমু শেংপা
নুপাশিংনা।

## চাংয়েংনবদা

লৈঙাকপশিংনা
পাঙ্গল চাংযেংনবদা
খা চীক্কুনা খাঙলি

মীচমশিংনা।

# মঙৌলৈবাক্তা

ঈহৌফমসিদা
খনফম খঙদে মীংকূপ অমতা
ৱাখল চোই খনথরুব্বদা।

ঈচেলসিদা
তাউথরক্লি কাওশীং কয়া'মনা
তম্না ঙমখিদ্রবা মমাঙ মপোক্কী
মহয় পুরদুনা।

ঈরৈসিদা
উরু-উরু লৈশিন্দুনা
তাইবঙগী অৱা-অনা কাউথোক্লি।

ঈপাকসিদা
মকোক য়াওদ্রবী জগোয় শাবীশিংনা
শারি জগোয়
মশানা মশাবু কাওথোকচরদুনা।

খোঙউপ

পুদুনা চৎলি
মফম খূদীংদা

পুবা ঙম্বশিংনা।

# ঈচাও

অমনা
লৈবাক নিংথৌগী তোর্ববান

অমনা
যানদবা মাযকৈগী তোর্ববান।

চেম্বরক্তি ঈচেলনা শাফু কন্না।

ওম্থোকপনিদা!
ঈবাওখোলনা থিবক্তি
অথোৎপা তোর্ববান
নমখাযননবা
যেংল-যেংলদুনা
লাওববা মমীৎতুনা।

চেম্ববীখ্রে অকনবা ঈবৈনা
অশোন অনা কযা
অদুগা
মনীং তমজনিংবা কযা।

অঙকপনি!

ঈচাও লেপখ্রে।

# থাবল খোক্ত্রবা অহীং অমদা

মাখৈকে মরিদা হৌরক্নে
কল্ল নোংলৈ- নুংশিং খঙহৌদা।

খাঙমদবগী মৈরীলক্তা

শ্যারি জগোয নোংথাংনা
অখাক অরাওগা লোয়ননা।

মাঙখ্রে ঈমাগী ফজবা
তাখিদ্রে নুংশিরবা খোঞ্জেলসু।

মমি পুম্বা তারম্বা মিংশেলসু কাযরে
তারি মচেৎ-মচেৎ খনফম খঙদনা

করম্বা ঈশেগী শৈশক্তা
পুন্সিগী অরা-মৈচাক কোক্কনি?

মংফমথক্তা ঈযুম ওইনিংলক্রে।

# চৎনবী

নঙ ঐদি মীচমনি
মীচমদি নিংথৌ ওইদে।

মখোয়দি
নিংথৌনি

মীচমশিংগী
ঈ চূপ্প্রবা ।

## চমম্নবা

মীওইবগী
মীনোক অমদনা
লেমজনফম ওইরবা মালেম।

অদুগা

মীওইবগী
মীৎযেং অমদনা
শব্দ শযাঙতনা থল্লবা মালেম।

# য়েন্নীংথাগী লৈশিং অমসুং মীওইবা

য়েন্নীংথাগী মতমদা
নিংথৌগী মচাশিংগুম
মশাদা অৱাংপা অমদা লৈহন্দা
লৈশিংনা লৈশাং তম্লি।

মতমগী নুংশিংনা শিংলকপদা
লৈশিংনা জগোয় শামিন্নে
হরাও ঈশৈ শকমিন্না।

নাকেন্থাগী নুংশিংনা লাক্ত্রিফাও।

মীওইবসু
য়েন্নীংথাগী লৈশিংগুম্বনি।

পোকুবদি শিবা
করম্না থাদোক্কনি?

অদুবু
য়েন্নীংথাগী লৈশিংগী ৱাখলদি
য়াওদে
মীওইবগী মরক্তা।

মীনুংশিগা য়াম্না তাম্নখ্রে।

# অনৌবা চহী

খূদক্তা করি ওইরক্কনি
খঙদবা লমদমসিদা পোকলূবনা
চামথোকখি ঐগী মায়থোং
অঙাঙবা ঈথেঙতনা
হঞ্জিন-হঞ্জিন
মশিং খঙদনা।

অনৌবা চহী লাকপা খূদীং
হেনগৎলকই
অসুম-অসুম
লূপসিনখিবসু

ঈথেঙলক্তা।

# য়ুমদা চৎলমদাই

ঐ চৎলনি য়ূমদা ঙসি

ঐগী লৈফমদগী
ঙাইরকপা নুমিৎ শুরদুনা।

লাকখিবনি মফমসিদা
পুন্সিগীদমক।

থৌবাংদি তৌবি
চরাংনববা মরক্তা
কবিবুনো ইয়ূমদা পুগদৌরিবা?

# লান

থৱায পান্দ্রবসু
তেংথাজরি নঙনা
থৱায ওইরিবা নঙগী লংলাবু
মৈ চূবদা ।

পাথদুনা চেম্বঙমদ্রবা
নঙগী নীংঙমদবগী পিবাংলক্তা
নঙগী থৱাযনা
তপ্প-তপ্পা মূৎশিল্লক্লি ।

ওম্বোক্রসু
লাইবক থীখ্রেদা নঙসে
অরেং অবেং পুথবা
কাম্মথাং ওন্দুন তোকইদা।

নঙগী
নীংঙমদবা মৈবীলক্তা
নুংঙাইদবি মীওইবনা
নঙগী অৱাবদি উবীদনা ।

# ঐগী কাগী মীহুৎখোঙ

ঐগী কাগী মীহুৎখোঙসে
লোনশিল্লগে ঙসিদগী
পামদ্রে হাংদোকপা অমুক হন্না ।

হাংদোক্লরোই লেপ্লবনি পুন্সি চুপ্পগী ।

হৌখ্রে যেন্নীংথা কয়া
চৎখ্রে নাকেন্থা কযা
মেরাগী নিংথিরবা থানিল
লমতাগী থামম্লবা অহীং
ঙম্লমক চৎখ্রে ।

লোইখ্রে
পুন্সি কযাগী ৱারী কযাসু ।

পুম্নমক য়েংজখি
ঐগী কাগী মীহুৎখোঙদগী

অদুবু
ঙসিদি
পামদ্রে হাংদোকপা মসিবু হন্না ।

# মালেমসিদা

চপ লেপখ্রবদা
ঈশিংগী ঈচেল্লনা

শীৎলক্রবদা
নামীবা নুংশিৎনা

থোরক্রবদা
কোরৌহনবগী মশেক মঙালনা

তারক্রবদা
নোংগী ঈরিক অমত্তা

চেখাযরক্লবদা
মালেম লৈমনা

লেপকং কংলবা উপাল ৱাপালশিংনা
হায়থবক্লবদা মথঙ মথঙ

কয়া কুইনা হিংখিনি ঐখোয
মালেমসিদা ?

# মঙগী শৈরেং

১
লানমী অমা
লাক্লিনে শগোল তোংলদুনা
থৌরীনে নুংশিৎকী মাঙ থা ।
লাম্লি চীং পাৎ কয়া
অকিবা ফাওদনা মশাদা ।

ঈগী ঈচেলসু চেম্থরক্লি মাগী মমাযদগী
লৈবি অহীংবা দাকফম কযাসু মশাদা

২

চাক্লিবা মৈরী তপথবক্লে
পুন্সিগী অরোইবা তাঞ্জক লাক্লমাল্লে।

ঈনাক্তা ফম্লম্বা খূদীং হৌগৎনখ্রে ।
চঙনখ্রে মযুম মযুমদা
থোঙগী পৌরোন চেৎন-চেৎনা লোনশীন্নখ্রে ।

তনিক্লা চাক্লিবা মৈবী ঐদি
অহীংসিনা লোযদ্রিঙৈ
চেক্লাশিংনা হৌদোকত্রিঙৈ
মূৎপদি মূৎলগনি শোযদনা
অদুবু

মূৎতি মূৎনীংথিদ্রেদা ।

# ঙসিদি

ঙসিদি খঙলে

পূন্সি হায়বসে
থাজবা ঙমদবা
থৌদোক কয়ানা পুনসিল্লগা
শাবা মথেল অমনি

'অদুঙৈগী চেক্লাশিংসু
হন্না'মুক চাক্তারখিদ্রে

নঙনা চৎখিবদগী।

# পাউখোঙ

মাযকৈ খূদীংদা লৈ-লৈদুনা
থিজরক্লিবনি
অদুবু
উজবদি ফংখিদে।

মচু কযাগী ফিরাল্লক্তগী
থোরকখি ইথা থাজদনা ।
অদুগা
অসুম অসুম ৱাংখৎখি
হাঙল অতিযাদা ।

তপ্ন-তপ্না থাপথোকখিবনা
উরকখিদ্রে
বিন্দু অমা ওইনফাও ।

তূমিন্না লাকলম্লগা
করিগীনো
অরোনবা অমগুম চৎখ্রিবদি ?

# শৈরেং অমগীদমক

ঙসিদি
ইবা ঙমদ্রে ইখূৎসিনা পেন্না

পামজবা
ফজবা শৈরেং অমতং।

ৱাহৈশিংদি
উদুন্তা লৈরি মীৎমাঙসিদা
অহীংবগুম।

মতমগী খোঙথাঙনা
খোঙকাপ লাউনা থাঙখ্রি
তানগে খনখি
অদুবু
ঈখোঙসিদি অসুম পুৎথখ্রি।

ইবা ঙমদ্রবা শৈবেংসিগী ৱাখলদা

ঐ ঙাওরী।

# লাইনিংবা অমগী চাংয়েংদা

লাইগী থৌজাল ফংলবা লাইনিংবা অমনা

"নঙগী অপাম্বা অমখক হায়যু।" হায়বদি
অপাম্বদু ফংলগা নঙনা পেনজগদবা হন্নাওজগদবা ।

ৱাহংসিদা

মনা পঙবা অমনা ইবগা য়েংহল্লি
'কবিগুম্বা ঐগী নাসি পঙলমদ্রবা ঐ পেঞ্জবমগনি ।'
মমীৎ তাঙবা অমনা খুম্মী
'কবিগুম্না ঐগী মীৎসি তাঙলমদ্রবা ঐ পেঞ্জবমগনি।
খোঙতেকপা অমনা খুম্মী
'কবিগুম্বা ঐগী খোঙসি তেকলমদ্রবা ।
মুশিন মুবা অমনা খুম্মী
"করিগুম্বা ঐগী কুচুসি ঙৌবম্রবা ।"

অসুম্না মীওই কয়ানা মাগী মাগী
অনিংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লে।

ৱাহং হংলম্বা লাইনিংবনা
মখোয়গী অনিংবা অপাম্বা পূন্নমক তাবগা
অমম্বা কা অমদা চঙখি
মীওই অমমমতা চঙলকউ হায়রম্লগা।

মীয়াম্না চঙবা কিনবদগী ৱাতান্নরে।
মনা পঙবদুদি মতৌসিদা তিঙক মাঙক য়েংদুনা লৈরে।

মীযাম্না অন্নাবগী মমি মচেৎ অমতা উখোকতনা
মাবু লাইনিংবগী মনাক্তা হান্ননা চঙনবা ঈঙ্গিৎ তৌরক্লে।
মাসু মীযামগী মযোক্তা লেপচবা ঙমদবদগী
কিন-কিনা অমম্না কারোমদা চঙখ্রে।
লৈহৌবশিংনা ন্নানা ঙাইনৈ মাবু থোরকপা
ঙাইহাক লৈরগা মহাক থোবক্লে
মনা পঙলম্বদু ফবক্লে।

থৌদৌসিদগী
হন্দক্তি হান্ননা চঙনবা তান্নবক্লে।
পঙলাঙদা লাঙলক্লে মখোয মশেল।

লাঙবগী খোঙ্গেলসিনা
মাগী থবক্তা কাযরকপদগী
শাওবক্লে ।

অশাওবনা লাকহৎখিদুনা
কাগী থোঙজাও
মখোল হৌনা লোনশিনখ্রে।

লাঙলম্বা মযাম চপ লেপ্পী।

খূদক্তা
উনমূক চীকই।
মশাগী মখূৎনা মশাগী মকোক্তা
হঞ্জিন হঞ্জিন যৈশিনজবকই।

থৌদৌসিদা

মনা পঙলম্বা নুপাদু
নোক্ল-নোক্লগা চৎখি।

# ঐগী য়ুম

মঙাং তম্রবা ঐগী য়ূম
মাযকৈ খূদীংদা
অহীংবা মৈগী চীংশাংশিংনা কোযশিন্দুনা লৈ

খঙলবসু

থাদোক্কেদি শুকঙম ঙমদে।

# কপ্পা অমদি নোকপা

ঙরাংদো ঐ শিরুই
ইমান্নবা অমগী নোংমৈনা কাপহল্লগা

মীরমলেন্দা
থবাথ য়াওদ্রবা ঐগী হকচাং পোলাংবু
মীযাম্না পোংলোয়নবা থৌরাং তৌরকই।

থৌদৌসিদা
ঐগী থবাযনা
হৌন-হৌনা পেন্না নোকচখি।

ঐগী থবাযগী মতৌসিদা
হান্না লৈরম্না থবাযশিংনা
ঐবু কাওথরক্লম্মী।

মসিদগী
অতৈ চৎফম লৈত্রদুনা থবাযনা
অশিবা ঐগী হকচাংদা অমুক হল্লকখি।

অদুদগী
অমুক হিংগৎলকখি।
তিল্লম্বা মীযাম
ইপা পাখৎনখি।
কাযদুনা চেন্নৈ।

কাওবু অমনা
পেন্দনা কপ্পী।

কাওবু অমনা
নুংঙাইরবা কুম্মোঙুম নোকই।

# অদুবুনে চেক্লাও

ঈ কারবা নমীৎনা।
পেম্বোকপা ঙমদ্রে হাযবা খঙই ।

নঙগী পীক্লবা মীৎ
মৈবুলগা পাম্লক ওইরে ।
অঙাঙবা মীত্তুনা
ঙাওহনবীরি মফম খঙহন্দা।

অদুগা
নহাক ঈখেঙবুসু
নখৌ পেন্না থকনিংলে ।

অদুবুনে চেক্লাও ।
অসিমদি নফমদা থম্মোয শেংনা হাযনিংই
ঈ কাববা নঙগী মীৎস্না অনীদুনা
অমুক্তুংদি যেংথরকখো
লৈখা তাববা মালেম লৈমাযথকসিদা।

# পুন্সি

হৌখ্রবা য়েন্নীংথাব্রু নীংশিংলুবদা
তনিক্লবা ইখূৎসিনা
ঙসিসু
নৌহৌননা শানিংলকই
তেলঙ্গা 'মা
ইকোক কোক্লবা ে ৌবৃক্তগী
হাঙলা অতিযাদা থাগৎনবা ।

হৌখ্রবা যেন্নীংথাগী
অঙনবা মতমদা
হবাও তযাম্বনা থল্লদুনা
থাগৎচখি তেলঙ্গা মা
নুংশিবা অমসুং পুন্সিগীদমক ।

ঙাইজখি
অহীং লিক্লানা চোৎলগা
লৈমায়থক্তা তারকপা

অদুবু

মালংগী কল্ল শহুম্না
মায়কৈ খঙদা হুম্বীখি
থেঙলবা অহীংগী মতমদা
অবাবা অমসুং নীংঙমদবগী মৈরীলক্তা
ইনশিনবীরম্লগা ।

# হিতলর

হিতলর

নঙনা নঙগী নমা লৈবাকপু
কযাগী মতিক নুংশিজবা ।
মসিমক্তনা
নঙনা লেপখি
জর্মনিগীদমক ।

লান্থেংনখি

লৈবাক কযাগী মাযোক্তা
অনৌবা পাবা অমমম তম্বীরদুনা ।

মালেমগী অহানবা লাঞ্জাওদা
মাঙখ্রবা শেলযাম
শিংহনবা শবৌসিন
'এল্লাইদ গ্রুপ'না
নঙগী লৈবাক্তা নমশীল্লকপা
মসিখক্তনা পেল্লক্লদুনা
নশাগী লৈবাক চাওখৎচনবা হোৎনবদফাও
থূৎ থিংজিল্লকখিবা
মখোযগী মখাদা
থম্লবা হোৎনরকখিবা
অরৈবা মীনাইগুম
মসিদা
খাঙবা ঙমদ্রদুনা নৎত্রা
নঙনা
ঈ থকখ্রিবা।

# নীংতম্বা

নীংতম্বা

নঙ চংখ্রো
লাপথোকপা ঙম্বা মখে
লাপথোক্লদুনা ইনাক্তগী।

নঙগী
ফিবাল মরুমগী
শক্তমশিং
পামজবা অমসুং উনিংবা ফাওদ্রে ইশাদা ।

ঐ
কৈস্তমশঙসিদা
অসুমক লেল্লগে।

নীংতম্বা
নঙগী
মবেক মহাওতনা থল্লবা
অতিযাসিদা পাইরিবা
ফিবালসি
যেংনিংবা শুকফাও ফাওদ্রে ।

ঐ
নোংমা লাক্কে
নুংথিলগী অমম্বা মরক্তা
নঙগী ননাক্তা
মৈ চাক্লবা ফিরাল পুরদুনা ।

# খল্লুবদা

ঐ যাম্না ৱাখি
ঙৱাং
ঙসিগীদমক ।

অদুবু
অকিবা পোক্লে

হযেংগীদমক ।

# তায়োম্নবা

শকখঙদবা অমনা
ঐসে মৈবুলনি হায়রম্মী।

ঐগী মতাংদগী
মালেমসে
উৎ ওনগদৌরিসু হাযরম্মী ।

ঐ থংপ্রেক থংই
মানা লাউরগা মাঙখিবদা
মীৎকপ খঙথোক থোকই ।

চীথ্নে ফিদূপ হুনবা হৌবম্লে।

যেংথোরকপদা উবকখি
লৈশাৎ তম্লক্লিবা
ঐগী লৈকোলগী লৈশিং ।

# নীংতম্বগী মৈথু

য়েক্লবগা লাম্বেংনরিঙৈ
ঐনা কাপখি নোংমৈ মরু
মশীং থীঙমদা
য়েক্লবগী মাযকৈদা ।

ঐনা কাপখিবা নোংমৈ মরুশিংনা
ঐগী হকচাংগী শদোং মরক্তা তেংথারে।

# ফুম্বংনরবা খোঙথাঙ

হিংলিঙে
ঐগী মঙলান খূদিং
অশিবনা করেম্নখি
ঐগী পুন্সি ৱারী তারগা।

শিনিংখি
মতৌদুদা।

অদুবু

ঙসিদি
অহীংবলক্তা চঙনিংলক্রে

অশিবনা
শান্নরম্লিবা কুম্মোশিং উরুরগা।

# চৈনা অমা

নঙগী মঙলান্দা তাওজরম্বনা
নঙগী ৱাখলদা লুপচরম্বনা

ফংলরে
ঙসিদি
হায়ফম খঙদবা

চৈনা অমা।

# নুংশিরবা ঐগী মরূপ

ঈথা থাজদনা লেপলখি নঙনা মীৎমাঙদা
কায়রবা অমসুং ওল্লবা মায়খোঙগা লোয়ননা
অদুবু,
অৱাবা, পেন্দবা, খাংঙমদবগী
ইথিল খূদীং ফাজিল্লগা
মোমোন নোক্লখি
হরাওনা কৌরকখি।

নুংঙাইবা শাদুনা মীৎমাঙদা লেপ্লরখি।
ঐনা নীংজরুবগী ৱাংমদা
নঙগী চীনবালদুনা মীনয়ুম
অরানবা তাহনখি।

নঙগী ৱাঙাং অমদি মাযখোঙনসু
চমম্নহল্লকখি ঐবু
ৱাখল থোকহল্লকখিদে
মালংদা ইপাই পাইরদুনা লৈবগুম তৌহনখি।

কয়া কুইনা অসুমনা লৈরুবনো ঈশানা খঙজখিদে
ঐনা লৌশিং লাকপদদি
ঈনাক্তা নহাক্তি লৈরমদরে।

চেম্থোরক্তুনা
মায়কৈ খূদীং চেন
নঙবু উৱ্রা হংজখি
অদুবু
কনানসু 'উই' হায়রকখিদে।

নুংশিরবা ঐগী মন্নপ
*কদাযদনো নঙনা চৎলিবা?*
কনাগী থোঙজিন্দনো অমুক লেপলূগদৌম্রিবা নঙনা?

# লৈকংলাগী ঈচাও মরক্তা

অরাম খৌরাংবতনা চরি তৎলবা
খোঙ থাংদুনা চৎপা ঙমলক্রবা
হাইবং হাইরং চৎপা হৌরক্রবা
নাবোংদা করিগুম্বা খোঞ্জেল অমতা তানীংদ্রবা মতমদা
হৌনা লাউরকই

'চাদ্রিবমখৈ খূৎ থাঙ্গৎলু।"

উচিন-নাচীন্না ফংলকপা তল মচেৎ অমা পাযরগা
লম্বীগী চিদাইদা ফম্লদুনা
শাযন-শাযনা তরঙদা তাওজরকই।
তাইবঙপালসে মাতগীনি খনজরকই।
মীৎকপ থোক্তা, মীৎ উইন-উইনা মোমোন নোক্লকই।
মালেমগী নীংথির মফম কযা কোযজখি।

খঙহৌদা যৈরকখিবা শাজেগী চৈফূনা
মীৎ খংপাঙ পাঙহল্লকই
খুইথববা মুশিল্লক্রবা মোৎলবা মখূৎ অনিনা
লোম্নরগা হাযরকই
'লানজখ্রে অঙম্বা ঐবু অমুক্তং ঙাকপীযু।'

# ম্যান্মার

থেক খোয়রবা
চীংলোন মাপল লাম্বোক্রবা মতূং
উনখি - নঙগা

মচু-মচু শঙনরিবা মক্রখোং
লাম্বোকখি
নোকচখি পেনজখি
নঙগী লৈমাযদা খোঙদাজবা ফংবদা।

বর্মা
নঙগী মহৌশাগী ফজবতনা থল্লবা
চীংমাযশিং
নীংথিনা খূৎ চঙনা শেম-শারবা
শক্তমশিং
শিৎ নাল্লবা যেংবদা মীৎ থক্কৎলবা
লৈরক কোনশাংশিং

পূন্নমক্লা

শুমহৎখি- থম্মোযসিবু।

পেনজখি
নুংঙাইজখি-পুন্সিসিনা।

ফজবা পূন্না
পুদুনা লাক্লে ঐগী থাম্মোয়সিদা
ঐগী লমদমগীদমক।

# তাইবঙ অমা

ঐ
শক্তম্নি।

ঐ
নূঙগী শক্তম্নি।
সনাগী শক্তম্নি।
লৈরাংগী শক্তম্নি।

অসুম্না
শক্তম ওইরম্না ঐসে
ওইরকই
মমিগী শক্তম।

করিগুম্বদসু
মখোয়না ওইরকই ঐ।

মদুদগী

ওইখি অমতা।

ওনখি অমতা ।

# ঈগী পিরাংনা

চাউরবা কৈথেল অমগী ময়োনমক্তন্দা শাদুনা লৈবা
অথৌবা অমগী নূঙগী শক্তমগী মমীন্তগী

নোংমা
শীন্নুরকখি ঈগী পিরাং
অতৎ- অথম লৈতনা।

শন্দোরকখি
তপ্ন-তপ্না মফম খূদীং।

কৈথেল ফাওদুনা চেল্লিবা তুরেলশিংগী নৈরবা
ঈচেলশিংদসু
তিনখি অদুগা মচু ওলহনখি।

যৌখি
থাপ্লবা মফম চীংনুং-মানুং খূদীংদসু
ওলহনখি মচু অমা
ঈনৌ নৌবা, অমুক্তা উখিদ্রিবা মীযাম্না।

মসিমক্তন্সু উহল্লকখি
অতিযাগী সংবান্নরবা মচু অমসুং অঙৌবা লৈচিলশিংসু
ইনৌ নৌবা মচু অমা।

# লোৎফম অমতংদি

ঈঙাঙ তৈরবা
যাচঙবগী অতিযাবু উরুবদৈ
অকিবা ফাওরবা
অঙৌবা লৈচিলশিং
নাম্বোত্তুনা চেনননবা হোৎনরকই
অমম্বনা লৃপশিল্লক্লবা মতমদুদা।

অতনবনা নম্বো পোববা মশাশিং
তপ্ন-তপ্না
লৃপশিনজবকই

অমুক হন্না নোংঙাল্লবোইদবা
অহীংদুগী ।

# ঐগী লম্বী কদোমদনো

ঐনা
ইজখি শৈবেং অমা
নুংশিবগী ঈপাক্তা ঈরোইদুনা
মাগী ৱাখল মঙলান্দা।

শৈরেংসি
ইবা লোইবগা হঙ্গৎনা যেংলুবদদি
'অমম্বগী লৈচিলন' মবোল মবোল কৃপশিল্লমলে।

ঐনা
হঞ্জিন হঞ্জিন কোৎথোকচখি অমম্মা মপৈশিং
অদুবু
চোকথবব পা নত্তনা
পাম্বে অতৈদি লৈখিদে।

চোকথবনা মুন্থবত্তুনা তূমথরুবমাল্লে।

মীৎকপ থোবকপদদি
ঐগী লম্বী অমতা লৈরমদ্রে
'অমম্বগী ঈপাক্তা লৈচিলশিংতনা মবোল মরোল কোযশিল্লব্লে।

খাঙবা ঙমদ্রদুনা
হৌনা লাউরুই
ঐগী লম্বী কদোমদনো ?

খঙহৌদা নোংথাং কৃপখি
'অথাক অরাওগা লোযন্ননা

ঐ

মায়কে খঙদা হাইথখি ।

তিনখি অমম্বা মরক্তা।

লৌশিং লাকপদা
পূং – ঝালগী শেংফাত্তবা মখোল তারকই

মতূংদা মৈশা ফাওরকই।

# ফিরাল

উফুল তৈরবা কোক'য়ামদগী চেম্বরকপা
ঈখেঙশিংবু উরম্নগা
হায়না হুমনা ৱাংখৎলকই
ফিরাল অমা
অতিয়াথক্তা ।

ফিরাল কয়ানসু মনীং তমনা পাইরম্বা উরুবদা
মখোযদৌ থীৎখি অমসুং শিংনরদুনা হোৎনরকখি
ৱাংখৎম্নবা অতৈদগী ।

খঙহৌদা পানখিবা নোংমৈগী মরল্না ফিরালদা
মকোক তেকখি
হাযথখি লৈখারোমদা ।

চৈখোক্কা
খায়নরবা ফিরাল
থুংলরে মফম কয়া, হিথাংফম কয়া ।
অদুবু
কনানসু লৌখৎপিদ্রে, থুনকৎপিদ্রে ।

থাবল শেংদবা অহীং অমদা
মীহিংগী মনমতনা থল্লবা তোর্ববান অমগী
তুম্বাশিংনা করেম্নরকই মাইকৈ থৃদীংদগী।

শাহিং চাবা শা, উচেকশিংগী মখোলনা
শেংদ্রবা থাবলগী মরকসিদা
অনৌবা শক্তম কয়া শাগৎলকই
উফুল তৈরবা কোক'যামগী।

# তাল য়াওদ্রবা জগোয়

তুরেলগী ঈরৈনা
হঞ্জিন-হঞ্জিনা য়ৈশিনবদগী
চাথৎলবা লৈরায়গী লৈকুপশিংনা
নোকলি

ঈরৈগা জগোয় শান্নমিনবা ফঙবদা।

নৃঙথংনা য়ৈবদা থোরকপা
মৈরীকশিংনসু
নোকলি
শাংলবা মখোযগী
পুন্সিদুগী।

মবূক লুম্লবা কাঙশিং
লেঙম শাঙমদা
পাইশিননবা হোৎনরক্লি অমুক্তসু
অনৌবা ঈ থক্লনবা।

# লৈরোন চন্দ্রিবা হকচাং

লৈরাযদা তাদুনা লৈবিবা
ঈশং কাববা নূঙদুদা
মমীৎ নোইব নোইবদুনা
হঞ্জিন - হঞ্জিন হংলকই
অশি লমদম হাযবদ কযাম ৱাৎলি চৎকদবা
মালেম লাইবৈবাক, খমনুংলৈবাব
কবিদা খেন্নবিবা, কদাযদা

তনগৎনা চেনখৎলাক্লবা
তবেলগী ঈচেল উকংদৈ
ফন চোংথখিদুনা ইযাযদা লেপ
তৌন তৌন লাউরক্লি

অমম্বা
ঈবোলন্দা লপশিন[illegible]
মহৌনা [illegible] হই
মমিযেংদা [illegible]

হেংবা হৈকই
মশুক্তা পাইবক্রিবশিংদা
চাংযেং অমগীদমক

অদগা অমুক
থীম্বদনা যেংলকই মুং
লৈরাযগী নূঙশিংদা

মথূত্তা পায়রকখিবশিং খুদুম চেৎনা পায়শিল্লদুনা
অতিয়া থক্তা য়েংখৎতুনা শোল্লকই
মসিশিংসিদি ঈশং কান্নবা নৃঙ ঙাক্তনিনে।

# ঈরাকমীম্নবা

ঈরেলবুং তরেৎকী লৌশিং যাওদবা
অমুবা উরগা হরাওজবা
অঙৌবা উরগা কপচবা

মীনুংশিগীদমক
থাক্লু-থাক্লা মালেম নীকপ মখৈ নোকচবা

ঈপান থাবান নোংঙানবদগী ঈরু-লুজরক্লিবা
নখোয়গীদমক্তনি

বারিবা ঐনা ।

# লাই খুৎশাংবী

উপালগী
অশিবা খুৎশাশিংনা
কোয়মা মারক্লি
উচেক্কী মহমদা
হুরাননবা মরমশিং।

# মঙলান্দুদগী

"নঙগী লাইনিংদা পোল্লদুনা
লাক্লবনি ঐ ননাক্তা
হায়রো হায়নিংবা ইকমদা
পীরগনি অপাম্বা থৃদীং নঙগীদমক।"

হরাওরদুনা মোমোন নোকল্লুবদা
মীৎকপ থোক্লই।

# ঈঙাগী নোংজু

ফুইনা চুবা ঈঙাগী নোংজু
চুথরি
অমম্বনা থল্লবা অহীংলক্তা
অনৌবা অয়ূক অমগী মঙলান্দা।

# চপশিল্লকপা

শাঁজে থাদুনা ফুরি
পোৎলুম পুরিবা সন্দা।

তপ্ন-তপ্না চপশিল্লক্তি পুন্সিশিং
শকখওদবা খূৎচল্লীনা।

# মীনোক অমগীদমক

খনবা ঙম্রবা কোক
খূৎশা বাওদ্রবা খূৎ

মীযাম্না

ফাওজিন্নবা তোৎনবকই
অঙানবা মবক্তো

অমম্বগী ঈপাক্তা কুম্থরম্নগা
মোমোন নোকবগীদমক

# মতুংসিদা

নুমিৎ তাখ্রে।

মঙাও থীরবা অতিয়া
মীৎকূপ থূদিং মচু ওল্লি।

পলেপফম খঙদ্রবা
অপাইবা লৈচিল
কোযপাই পাইরি।

হৌফম লোইফম লৈত্রবা
নামীবা নুংশিৎ
শিৎলি কল্লবা শাহুমদা।

চোইনা কেলহনখি
লৈখোক্কী লৈরাং কযা
হূ চেল্লবা লৈমায়থকসিদা।

লমদমসি
লৈতানা লৈত্রে মীৎকূপ অমতা।

হৌজিক
করিনো ঐনা তৌগদবা?

খাঙঙমদবগী মোইবুং
খোংলক্লে মাযকৈ খঙদনা
অমুবনা লৈঙাকপা
অমম্বগী লৈমায়থকসিদা।

চমম্নরে।

ফুম্বংনরে।

ইফা ফাজিনখ্রে হকচাং অমসুং ৱাখল

মরূপতি ওইনিংলি
অঙাঙবা নোংজাবীগা।

## খেঙজিল্লক্লে

নোংমগী শিল্পা লোইরদুনা
অচিকপা মহাক্তম্বু কৌবিরম
থাপ্লবা চীংগী চীংয়া তম
পাইরকখি শকখঙদবা চেক্লা অমা
তোংলখি চীংয়াগী মশা কংল উশা অমদা।

মহাক্কী পূক্রিং হূর খোঞ্জেলতনা
তাইবঙ মীপূম খূদীং শুমহৎখি
অৱা-অনা লোইনা কাউথোকহনখি
মহাক্কী খোঞ্জেলদা।

করি পাউজেলবু ওইরিগবা
মহাক্কী খোইথূম্নরবা মপাউনা
করম্বা পাউতাকপু পীরিগবা
মহাক্কী শুমহৎয়াই চেল্লবা শৈশক্লা
খঙবা ঙমদে কনানা।

অহীং তাংলৌগী মতম ওইশিল্লক্লে
লেপ্লদি লৈতে মাগী খোঞ্জেল
খাঙবদা ৱারকখি
মাগী খোঞ্জেলসিদা।

হাংদোকখি খোঙনাও
য়েংথোকখি মাগী মায়কৈদা
থাবলনা চায়থরক্লম্মি ৱাউথাংনরবা লমহাংশিংদা
খোম্মাং কায়না খোংলি চেক্লাদুদি
শীদ্বরি পিরাংসু লেপ্তনা।

## লৈঙাক

মঙক ককথখুনা হাত্তোকই
মীওই থরা

ৰারেপ তারবদা
অঙম-অঘৌশিংনা

অদুগা

পেন্না-পেন্না নোক্লকই
চেম্বরকপা ঈখেঙদু যেংলদুনা।

# শক্তম অমা

কোল্লুনা চপখাযখ্রবা
হকচাংগী ঈখেঙনা
চেম্বরকই ঈশিং ওন্দুনা

অদুগা

ওইরক্লি
শক্তম অমা।

মকোক
মখোঙ-মখূৎ যাওদবা
মবুকসু হোত্রোং হোন্নবা

অদুবু

লেঙবদি লেঙলক্লি
খোযজিখাদা যাতারিবা নব্লাগুম।

# লমদম অমগী ৱারী

করিনা পাউদম্লসিগে
মখোয়গী মরমদা।

উনবফাও কিজ্জৈ
মখোয়গা।

অমনা ভাঙবা অমনা তানদে।

মাগী মাগী
অনীংবা অপাম্বদা
অসুম্মক লোযনা চৎথনৈ।

ফোঙদোকফম থিবদা ৱারি।

অহল অমা লৈরি হাযবা
কন্নানসু নীংশিংনবিদে।

মখোঙ কোন্দুনা কপলৈ
মায়থীরবা মতমদদি।○

